# মীতৈলোনগী
# ঈতীহাস অমসুঙ বানান

# ‘‘কচবা’’

‘‘ মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান ’’
কৌবা লাঈরীক অসী মীতৈলোনবু নুঙসীবীবসীংগী মফমদা
নোল্লুক্না কচরী ।

অঙৈবা

# মীতৈলোনগী
# ঈতীহাস অমসুঙ বানান

দা. সাপম তোম্বা সীঙহ

রাঈতর এন্দ পব্লীসর
তেরা সাপম লৈরক, ঈম্ফাল, মনীপুর

# মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান

অফোঙবা ঃ মনীপুরী রাইতরস এসোসীয়েসন, ঈম্ফাল ।
অহানবা ফোঙবা ঃ আগস্ত ১৮, ১৯৯৮ ঈঙ

কপী মসীঙ ঃ ১১০০/-
মমল ঃ লুপা ৬০/- (হুম্ফু)

মখুম য়েকপা ঃ জে. সী. এস. সগোলবন্দ, ঈম্ফাল ।
মখুম লামীনেসন ঃ সী. সী. পী., সগোলবন্দ, ঈম্ফাল
নম্ফম ঃ সী. সী. পী., সগোলবন্দ ঈঙুদম লৈকাঈ, ঈম্ফাল , তেলীফোন নম্বর - ২২৯৮২৮






**Meeteilongee Etihas Amasung Banan**

*Published by* : Manipuri Writers Association, Imphal
*First Edition* : August 18, 1998
*Copyright* : Writer
*No. of copies* : 1100
*Price* : Rs. 60/- (sixty) only
*Cover designed* : J. C. S., Sagolband, Imphal
*Cover Laminated* : *C C P,* Sagolband, Imphal
*Printed at* :  *C C P*
Sagolband Ingudam Leikai,
Imphal-1, Tel. # 229828




**MANIPURI WRITERS ASSOCIATION**
**IMPHAL**

# এসোসীয়েসনগী মাঙ্গৈকেদগী

হৌখীবা খ্রী কুম ১৯৯৫, ফেব্রুৱারীগী তাঙ ১৬ তা মনীপুরী লোল, সাহীত্য অমসুঙ সঙস্কৃতীবু নুঙসীজবা মীওয় খরনা পুনসীল্লগা "মনীপুরী রাঈতরস এসোসীয়েসন" কৌবা লুপ অসী সেমখী। হৌদোকসেল ওইনা লুপা লীসীঙ য়াঙখৈ-খক বেক্কতা ফীকস দীপোজীত থম্লগা লীঙখতখীবা লুপসীগী মপুঙ ওয়বা পান্দমদী মনীপুরী লোল, সাহীত্য অমসুঙ সঙস্কৃতীবু য়োকখততুনা অৱাঙবা থাক্তা পুখতনবা হোতনবনী।

পান্দমসীগী মখাদা এসোসীয়েসনসীনা মনীপুরগী সক্লাঈরবা অঙ্গবসীঙগী মমল য়াম্লবা লাঈরীকসীঙ লেপতনা পুথোক্লী। হন্দকসু এসোসীয়েসনগী মাঙ্গৈকেদগী দা. সাপম তোম্বা সীঙহনা ঈবা লাঈরীক "মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান" কৌবা লাঈরীকসী মীয়ামদা লানথোকচরী। মসীনা এসোসীয়েসনসীগী মরীসুবা লাঈরীকনী। লাঈরীক অসী মীয়াম্মা তরাম্না ওকপীগনী নীঙজে। লাঈরীকসীদা ঈরীবা বানানগী মওঙ অসীদী অঙ্গবা মসাগী মতনী।

দা. সগোলসেম লনচেনবা মীতৈ
সেক্রেতরী
মনীপুরী রাঈতরস এসোসীয়েসন, ঈম্ফাল।

ঈম্ফাল
১১-৮-৯৮ ঈঙ

# ৱাহৈ খরা

**দা. সাপম তোম্ব না ঈবা 'মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান'** কৌবা লাঈরীক অসী পাজরে। লাঈরীক অসীদা মীতৈলোনগী ঈতীহাসপু (১) অমম্বা মতম (খ্রীস্তগী অহানবা চহীচাগী মমাঙ), (২) অঙনবা মতম (১-১২৬৩), (৩) ময়াঈ ওয়বা মতম (১২৬৪-১৮২৫), (৪) অনৌবা মতম (১৮২৬ তগী হৌজীক ফাউবা) হাঈনা তাঙ্কক মরী থোক্লা খাঈদোকতুনা নৈনরী ।

লোন অমসুঙ সাহীত্যগী ঈতীহাস হাঈবসী অরীবা সাহীত্য (লাঈরীকসীঙ) অমসুঙ লোনগী মতম লেপ্পদা চঙদবা য়াদ্রবা মচাক্লী। মীতৈলোনগী সাহীত্যগী ঈতীহাসতী খরা লৈরে অদুগা লোনগী ঈতীহাসতী পুথোক্লরকপা থেঙনদে । *দা. সাপম তোম্ব* গী লাঈরীক অসীনা মীতৈলোনগী ঈতীহাসকী অহানবা লাঈরীকনী হাঈনা লৌজে। লাঈরীক অসী অহানবা ওয়বনা খরা কুপথনা, পাক চাউনা ঈবা লাঈরীক অমা ওয়দ্রবসু হীরম অসীদা চঙসীন্দুনা য়াম্না থৌনা ফনা ঈবীরকপা অসীগীদমক থাগতচরী। লাঈরীকসী মীয়াম্না তরাম্না ওকফম থোকঈ।

হৌজীক বাঙ্গালী ময়েক সীজন্নদুনা মীতৈলোন ঈবসীদা খুদোঙচাদবা কয়া থেঙনরী, মসীগী মরুওয়বা মরম অমদী মীতৈলোন্দা খোনথোক লৈতবা ময়েক ময়াম লৌসীন্দুনা সীজন্নবদগীনী। মরম অদুনা মীতৈলোন্দা খোনথোক লৈতবা ময়েকসীঙবু লৌথোক্লবা হৌজীক লোন্নরীবা মীতৈলোনগী খোনথোক্না চান্নহল্লগা বানানগী খুদোঙ চাদবা

কয়া কোক্কনী হাঙ্গবসী অঙ্গবনা মীতৈলোনগী খোনথোক্কা চানবা ময়েক অদুমখৈদঙ লাঙ্গরীক অসীদা সীজন্নদুনা চপ-চানা উতলে।

বাঙ্গালী ময়েক্কী মহুত্তা মীতৈময়েক সীজন্নবগী ঈহৌ অমা লৈবগা লোয়ননা মনীপুর সরকারনা খ্রীষ্টাব্দ ১৯৯৭ তগী হৌনা প্রাঙ্গমারী ক্লাস্তা মীতৈময়েক তমহনবা হৌখ্রে। চহী খরগী মতুঙদদী য়ুনীভর্সীতীগী থাক ফাউবদা মীতৈময়েক তম্নরক্কদৌরী ।

সরকারনা প্রাঙ্গমারী থাক্তা তমহল্লীবা মীতৈময়েক অসী লোল অসীগী খোনথোক্কা চাননা খন্দোক্লবা হক ব্যনজন ময়েক ২৪ অমসুঙ নীঙসা স্বর ময়েক ৬ অদুনী । লাঙ্গরীক অসীদা সীজন্নরীবা ময়েকসীঙ অসীগা করীসু খেন্নবা লৈতে। অঙ্গবনা "ঐ — ঔ" ময়েক অনী অসীগা থারগা নীঙসা ময়েক ৮ নী হাঙ্গনা হাঙ্গবতনী। অদুনা চহী খরগী মতুঙদা বাঙ্গালী ময়েক্কী লাঙ্গরীকসীঙ অসী মীতৈ ময়েক্তা ওনথোকপা তারক্কনী। মতম অদুদা *দা. সাপম তোম্ব* গী বাফম অসী য়ানদুনা বাঙ্গালী ময়েকসীঙগী মনুঙদগী মীতৈলোনগী খোনথোক্তা লৈতবা ময়েকসীঙ লৌথোকহৌরবদী হয়েঙ মতম অমদা (তুঙগী মীরোন্দা) খুদোঙ য়াম্না চাগনী হাঙ্গবসী থাজজে। অসুম্না মাঙজৌননা থৌনাফনা বানানগী পোরম কাঙলকপগীদমক শ্রী তোম্ববু অমুক্কসু হন্না থাগতচরী ।

*ডবলীউ. তোমচৌ সীঙহ*

১২।৮।৯৮ ঈঙ                                        বাঙখৈ, ঈম্ফাল।

# অঙ্গবগী ব্বারোল

লাঙ্গরীক অসীদা ঙ্গরীবা 'বানান' অসী অপাবসীঙগী মীততা হৈনদবা অমা ওঙ্গনা থোকপদী য়াঙ্গ। অদুবু নাকোঙনদী সোয়দনা হৈনগনী/য়াগনী হাঙ্গনা খনজে। বানান হাঙ্গবসী মীতনা য়াবা/য়াদবা, নাকোঙনা হৈনবা/হৈনদবা, অঙ্গবা অমসুঙ অপাবা অনীগী মরক্তা পাউ ফাওনবা অমদী ব্বাগী মতাঙগী মতুঙঙ্গন্না অর্থ খঙহন্নবগী পাম্বে (অঙ্গবা) মওঙ অমনী।

বাঙলা ময়েক্কা মীতৈলোন্দা য়াওঙ ঙ্গনলকপনীনা মসীগী (বাঙলা ময়েক্কী) হৈনবী, লমচত অমসুঙ মসক্তা অহোঙবা/অওনবা কয়া লৈফম থোকঙ্গ নত্রগা কয়া থাদোক্তুনা ঐখোয়গী লোনগী পোমীত য়েঙনা খোনথোক্কা চান্নবা মওঙদা ওনথোকপা /মসক হোঙবা (ঙ্ক , ঙ্গ , ক্ত, ত্র, ম্ব , ন্ধ) সেমদোক্তুনা খঙবদা হেন্না লাঙ্গনবা হোত্নগদবনী। খুদম:- ঙ্ক, ঙ্গ, ক্ত, ত্র, ন্থ (নথ), হ্ম অসীনচীঙবা।

হৌজীক-হৌজীক মীতৈলোন ঙ্গননবা লৌসল্লীবা বাঙলা ময়েক (মীতৈলোন ঙ্গনরীবা বাঙলা ময়েক) অসী পুন্না ৫৩ নী। (য়েঙ : ২সুবা সরুক, লা: ৪৬) মখোয়সীঙ অসী মীতৈলোন্দা লোয়না সীজন্নদবনা মীতৈলোনগী বানান চুম্বা/মসক মান্নবা ওয়হনগনী।

লাঙ্গরীকসীগী অনীসুবা সরুক্তা "মীতৈলোনগী বানান" হাঙ্গবা তাঙ্কক অমা থমদুনা হৌজীক ঙ্গনরীবা/সীজন্নরীবা বানানগী ওয়বা ব্বাফম কয়া কুপ্না নৈনবগা লোয়ননা — "পোরম কাঙবা" হাঙ্গবা মতাঙ

অমসু হাপ্পী। মসীদা মীতৈলোনগী খোনখোক্কা চান্নবা ময়েকতমক ঈবা/ সীজন্নবা অদুগা ময়েকসীঙসীগী তপ্পবগী চতনবী অমসু উতপী। অদুগা লাইরীকসীগী অরোয়বা সরুক্তা মনীপুর সরকারনা লেপ্পা/সেম্বা বানানগী পাথাপ অদু গেজেত নম্বরগা কোন্ননা হাপ্পী। মসীগী মরক্তী চতন-পথাপ অসীনা হৌজীক ঈনরীবা মীতৈলোনগী বানানগী মসক (লানবা, চাঙ-মান্নদবা) অসী কোকহনবা ওগ্গীত্রা হায়বদু য়েঙদনবনী।

মীতৈলোনবু-মীতৈময়েক, দেবনাগরী, রোমান অমসুঙ তোঙান-তোঙানবা ময়েকসীঙনা ঈবা মতমদা- নুঙদা, সেল ময়েক্ত-হকপা, মীতৈচেদা ঈবা পুয়াসীঙ অসীদা বানানগী মসক মান্নদবা (বাহে অমবু তোঙান-তোঙানবা) বানানগী মওঙদা ঈবা থেঙনৈ। খুদম : মীতৈ, মৈতৈ, ময়তয়, ওক, ৱোক, মঁহে, মহয়, মখোয়, মখোই, মাহোয়, মহোই, থম্মোয়, থম্মোই, থমোই, থমোয় অসীনচীঙবা। হাঙরীবা বানান মান্নদবা/লানবা অসী লৈবনা করম্বনা অচুম্বা ওয়গদগে হাঙবদু খঙবদা লুনা থোকঈ। মীতৈ মাঙচৌসীঙনা মানা মানা নীঙবা/ পাম্বা মতনা অচুম্বা ওয়হল্লী নত্রগা লৈ থাঙগনবা ( অরুম- অয়াঙ য়েঙবা হাঙবদী তোনগী মওঙ য়েঙলগা খুতলাঙদী য়াওদনা) তারুবা হোতননৈ। মরম অসীদগী অঙবা অমগা নত্রগা অপাবা অমগা অমগগী মরক্তা ময়েকী লুম্বা য়াঙবা মান্নদবা লৈ। অমগী অরুম্বা তোন (ময়েক) অদু অমগীদা অয়াঙবা তোন (ময়েক) ওয়। খুদম:- হিরম -হীরম, থমোই-থমোয়, পুবা-পূবা অসীনচীঙবা মওঙ অসী মসক মান্নদবা হাঙবদী বানান লানবগী খুদমনী। হাঙরীবা ৱাফমসীঙ অসীগী মথক্তসু অঙবা, অপাবা মীদুগী হৈনজবী বানান হাঙবা অমসু মনীপুরদা চতনরী।

খুদম:- চাবা-চাব, চাউবা-চাওব, তাইবং-তাইবঙ, মনি-মণি অসীনচীঙবা ।

মথক্তা পীরীবা ব্রাফম ময়ামসীদগী মীতৈলোনগী ব্রাহে অমগী অঙীবা মসক তোঙান-তোঙান্না লৈবা (বানান মান্নদবা/লানবা) য়াম্না থেঙনৈ। ব্রাহে অমগী ঈবগী মসক/বানান মান্নদবা অসীবু বানান লানবা হায়না লৌনৈ/খঙনৈ।

মহৌসাদগী চতনরকপা কয়া নৌনা সেমদোকতুনা হেন্না ফগতনবা হোতনবসু চতনৈ। মসীমক তসেঙনা লাঙীবক য়াম্না ফবনী। লোন অমগী বানান (ঈবগী চতনবী) অসী অরেপ্পা মসক অমা তঙাঙীফদনা লৈগদবনী। মসী লৈত্রেবদী লোন অদু চাউখতপা ঙমদে নত্রগা চাউখতপা লোন্নী হায়নদে। মরম অসীনা অঙীবগী 'পোরম কাঙবা' হায়বা মতাঙ অদুগা মনীপুর সরকারনা লেপ্পা বানানগী চতন-পথাপ অদুগা চাঙদম্নদুনা য়েঙবীরগা করম্বনা ফগদগে/হেন্না বৈগ্যানীক ওয়বগে হায়বসী লেপ্পীনবা অখঙ-অহৈসীঙগী মাঙদা থমজরী।

বানান হায়বসী ঈরীবদুগা-পারীবদুগা অমতা ওয়বা (১=১) নত্রগা খরা নকসন্নবদুনা হেন্না ফবা অমসুঙ অচুম্বনী হায়না লৌনৈ। অমরোমদা বানান হায়বসী য়ানবা অমগী মওঙনী। মহৌসাদগী চতনরকপা কয়াসু নৌনা সেমদোকপদা হেন্না ফগতপা/ফততবসু য়াওঈ।

অতোপ্পা অমনা লাঙীরীক অসী ঈনবা হোতনবদা মরুওঈনা বানানগী মতাঙ অসীগী চাঙয়েঙ তৌবদা মতেঙ পাঙবীখীবা মনীপুরী

মসঙগী মহৈরোয়সীঙবু অহানবমক্তা থাগতচরী। মথঙদা মসঙ অসীগী ওজাসীঙগা তাথোক-তাসীন তৌবদা কান্নবা পাউতাক পীবীরকখীবা ওজাসীঙগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উতচরী।

লাঈরীকসীগী মরমদা পুক্লীঙ থৌগতনা ঈবীরকখীবা ঈকাঈ খুম্নজরীবা ঋাঙখৈমযুম তোমচৌ সীঙহবুসু হন্না-হন্না থাগতচরী। লাঈরীক অসী পুথোক্লবা হোতনবদা অচৌবা থৌদাঙ লৌবীখীবা ঐগী ঈনাও অজীত থীয়াম, *সী. সী. পী.* গ্রুপ (লাঈরীক নম্ফম) অমসুঙ মখুম য়েকপীখীবা জে. সী. এস. বুসু হন্না হন্না থাগতচরী।

অরোয়বদা লাঈরীক অসী নম্বদা চঙগদবা সেলগী অচৌবা মতেঙ পাঙবীরকপা "মনীপুরী রাঈতরস এসোসীএসন, ইম্ফাল" বু ঙমখৈ লৈতনা থাগতচরী।

তাঙ ১৫।৮।৯৮ ঈঙ *অঈবা*

# অফোঙবগী মাঙ্গৈকেদগী

প্রো. এস. তোম্বা সীঙহ না ঈবা " মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান " কৌবা লাঙ্গীরীক অসী মনীপুরী / মীতৈলোন নৈনবা মীওঙ্গসীঙদা কান্নবা খরদী সোয়দনা পীগনী হায়না থাজে। লাঙ্গীরীক অসী মপুঙওইনা "মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান " গী মতাঙদা ঈবনী। অহানবা তাঙ্কক্তা মীতৈলোনগী ঈতীহাস হায়বা সরুকসী সমলপ্পা ঈ অদুগা বানানগী মতাঙ অসীমদী খরা নীঙথীনা নৈনরে হাঙ্গনা খল্লী । হৌজীকফাওবদা মখলসীগী ওঙ্গনদী লাঙ্গীরীক অসীনা অহানবনী। মসীগী অফ-ফততা কয়া লৈরবসু / য়াওরবসু লোনবু নুঙসীবীবা খ্বাঙ্গনা তরাম্না ওকপীগনী হায়না খনজে ।

*অফোঙবা*

১৫ । ৮ । ৯৮ ঈঙ

মনীপুবী রাঙ্গতরস এসোসীয়েসন,
ঈম্ফাল ।

# য়াওফম

লমায়

# মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান

মীতৈলোন অসী কয়া য়াম্না লীরবা/কুঈরবা অমসুঙ কদাঈদগী লাকপা লোননো ? ঋাহঙ অসী মীয়াম্না খঙনীঙনা হঙনরীবা ঋাহঙ অমনী। অদুবু মসীগী চপচাবা পাউখুম পীবা/ফঙবা ওয়থোক্তে। ঋাফম অসী মীতৈলোন মথন্তগী ঋাসু নততে। মালেমসীদা লৈরীবা লোন খুদীঙমক্কী ওয়বা ঋাফমনী। ঙসীফাউবদা কনামত্তনা করীগুম্বা লোন অমগী অকক্নবা অরেপ্পা হৌরকফম অমসুঙ হৌরকতম পীবা/তাকপা ঙম্নদরী। পুম্নমক চাউরাকপা ওয়থোকপা য়াবা অমা পীরগা/লেপ্লগা/ফঙলগা পেন্নবা/য়ানবা ঙাক্তনী।

মীতৈসীঙনা থাজে, মখোয়না লমদম অসীদা লৈরকঙৈদগী/খুন্দারকঙৈদগী ঙাঙনরকপা/ঙাঙনরকলীবা লোন্দী মীতৈলোন অসীনী হাঙ্গনা। ঋাফম অসী মখাদা নৈনরক্কদৌরীবা মতাঙসীঙ অদুগা পুন্না য়েঙলগা অচুম্বা ওয়বসু য়াঙ্গ হাঙ্গনা খল্লী। মরমদী লমদমসীগী ঈতীহাসতা মীতৈলোন অসী নত্তবা অতোপ্পা লোন অমনা "লৈবাক্কী ওয়বা লোন" (State language) ওয়না ঙাঙনরম্বা/চতনরম্বা লৈখীদে। মতাঙসী পন্দীত এন. খেলচন্দ্র না অসুম্না হাঙ্গরী- "*ঐখোয়না নিংশিংবদা লাম্না ফংদ্রবা মতমদগী হৌনা মৈতৈরোন্না লৈবাক অসিগী রাজ ভাষা (Court language) ওইরক্লবনি। খৃস্টগী তরামাপলগুবা শতাব্দীদা ভারতবর্ষদা পানবা বৃটিশ সরকারগা মণিপুরগী নিংথৌশিংগা মরুপ ওইনদুনা লৈবাক অনী অসি মিত্ররাজ্য ওইনা লৈমিন্নরম্মী। মতম অদুদা কলিকাতাদা বৃটিশ*

*ইন্দিয়াগী (ভারতকী) কোনুং ওইরম্মী অদুগা ইম্ফাল অসিনা মণিপুর সনা লৈবাক্কী কোনুংনি। মণিপুরগী কোনুং ইম্ফালদা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্ট অমা লৈ অদুগা মণিপুর মহারাজগী ফমনাইবা অচৌবা (মেজোরগুম্বা) অমা মতম অদুগী ভারতকী কোনুং কলিকাতাদা মণিপুরগী এজেন্ট ওইনা লৈ। মণিপুরগা হেক তাইনবদা লৈবা বৃটিশনা লৌশিল্লবা লম কাছাড়গী লখীপুর কৌবা মফমদসু মণিপুরগী এজেন্ট অমা থম্মী। মণিপুরগী মহারাজগী অথু-অকাইগী পার্ড অয়াম্বা মণিপুরগী মপানদা লৈবা এজেন্ট অনী অসিগা চৎনৈ হায়বসি খৃষ্টাব্দ: ১৮৮৬ মে থাদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কে: সি: এস: আই: নোংগারবদা বৃটিশকা মণিপুরগা চৎনবা পার্উদগীসু খঙই।”* [১] লমদম অসীদা অব্রা অমদী ব্রীতীসকী খুতথাঙ লৈঙাক কয়া লৈরম্বা/চতলম্বা মতম অদু ফাউবদা মীতৈলোননা ‘লৈবাক্কী ওয়বা লোন’ ওয়না লাকখী। অসুম্না মীতৈলোন অসী চাউরাক্লা চহী ২০০০ (লীসীঙ অনী) রোম লমদম অসীদা ঙাঙনরক্লবা লোন্নী। মরমসীনা লোনসীগী মসক্তা অমদী ব্রাহ্ন্দা অহোঙবা/অওনবা কয়া লাকখ্রে/ লাক্লী। মসীগী ব্রাহে পুক্কেদা নীঙথৌজা, খুমন, লুব্রাঙ, অঙোম, মোয়রাঙ, নাগা, কুকী, পোঙ, সান্নচীঙবগী ব্রাহে কয়া চঙখ্রে। সম্না হাঙ্গরবদা ময়ামসীনা পুনসল্লবা মসক অদুনা মীতৈ লোনগী হৌজীক ওয়রীবা মসক অসী ওয়বনী।

## লোনগী কাঙলুপ

মালেমসীদা লোন কয়ামরুম ওাঙনরী। মীতৈ ব্রাহ্মদো "লৈকাঈ অমা সৈসক (লোন) অমা" হাঙ্গনবা ব্রা লৈ। হাঈবদী লম, ধর্ম্ম, মী কাঙলুপ কয়াগী তোঙান-তোঙানবা লোন লৈনৈ। অদুগা লোন অমখক্তগী মনুঙদসু লম অমগা লম অমগা মান্নদবা মসক কয়া অদুম উবা ফঙঈ। অদুম ওয়নমক মান্নদবসীঙ অদু তোঙানবা লোন অমা ওয়নদী লৌনদে, হাঈবদী লোন অদুগী লোনথৈ (Dialect) ওয়না লৌনৈ।

মালেমসীদা ওাঙনরীবা মরু ওয়বা লোনসীঙগী মসীঙ অসী অখঙ-অহৈসীঙগী মত মতুঙঈন্না- চাউরাক্লা ২৭৯৬ লোম ওয়গনী হাঈনা লৌনৈ। অদুবু য়াম্না কুপ্না নৈনরবদী/থীরবদী হাঈরীবা মসীঙ অসীদগী সোয়দনা হেনগনী। অদুবু মসীঙ থীদুনা নৈনবগী মতুত্তা হাঈরীবা লোনসীঙ অসীগী মখল/কাঙলুপ খাঈদোক্লুনা সমলপ্না তাক্লগা মীতৈলোন অসী করম্বা কাঙলুপকী মনুঙ চনবগে হাঈবদু তাকনবা হোতনরী। অহানবদা লোনগী কাঙলুপ/সাগৈ মতৌ করম্না খাঈদোক্লবগে হাঈবদু সমলপ্না মখাদা পীরী ঃ-

(ক) লমথৈগী মতুঙঈন্না লোনগী কাঙলুপ/সাগৈ খাঈদোকপা
(খ) জাতী/ধর্ম্মগী মতুঙঈন্না ” ”
(গ) লৈবাক লমথৈ (দেস) অমগী মতুঙঈন্না ” ”
(ঘ) মতমগী মতুঙঈন্না (অরীবা মতম, অনৌবা মতম) ” ”
(ঙ) লোনগী মওঙ মসক্কী মতুঙঈন্না ” ”

মথক্তা পীরীবা/ঈরীবা লোনগী কাঙলুপ/সাঁগে খাঙ্গদোকপগী মওঙ অসীগী মনুঙদা মঙাসুবা (ঙ) অসী নত্তবা অঁতে অসীদী অয়াম্বা অখঙ অঁহেসীঙনা য়ানদ্রে। মরমদী জাতী/ধর্ম্ম/লম/লৈবাক অমগী মনুঙদা লোনময়াম ঙাঙনবা মী কাঙলুপ ময়াম তোতনদুনা লৈ। খুদম ওয়না - মনীপুরী লোন অসী মীঁতৈ, মীঁতৈ পাঙল, চীঙমী, খুমন, চকপা, চেঙলৈনচীঙবা মীওয় কাঙলুপ (ধর্ম্ম/জাতী) তীন্নদবা কয়ানা ঙাঙনৈ। অসুম্না বাঙলা, হীন্দী, মরাথীনচীঙবা লোন কয়াসু জাতী/ধর্ম্ম অমসুঙ লমখৈগী য়াঙমদা ঙাঙনবা লোনসীঙনী। পনজাবী, ঈঙলীস অমসুঙ মলয়ালম ঙাঙবা মী কয়া মালেমগী তোঙান-তোঙানবা মফম কয়াদা লৈরী।

মথক্তা খাঙ্গদোক্লীবা মখলসীঙ অসীগী মনুঙদা হৌজীক লোন নৈনবা অখঙ অঁহেসীঙনা য়ানরীবা মওঙদী - মঙাসুবা মখল অসীগী মতুঙঈন্না লোনগী মসাজন, সাজত মসক-মওঙ মান্নবা/নক্লবা অদু য়েঙলগা কাঙলুপ/সাঁগে খাঙ্গবা মওঙ অসীনী। মসীগী মতুঙঈন্না মখল খাঙ্গদোকপনা চুমঙ্গ হাঙ্গনা লৌনরে। মরমসীনা হৌজীক নৈনরক্কদৌরীবা মীঁতৈলোন অসীসু হাঙ্গরীবা মসক-মওঙগী মতুঙঈন্না কাঙলুপ/সাঁগে খাঙ্গদোকপা মত অদুগী মতুঙঈন্ননী।

মীঁতৈলোন অসী G.A. Grierson না কুকী চীন কাঙলুপকী মনুঙ চল্লী হাঙ্গনা মত পী। অদুগা P.K. Benedict নদী Tebeto Burman গী Kuki-Naga কাঙলুপকী মনুঙ চল্লী হাঙ্গ। শ্রী নন্দলাননসু হাঙ্গরীবা মতসী য়াঙ্গ " Manipuri is the most widely used Tebeto-Burman language of India" (Nandalal, 1987, p. 1)

মতৌ অসুম্না লাঈরীকসীবু ঈরীবা ঐহাক্কী মতসু হাঈরীবা কাঙলুপ অসীগী মনুঙদা মীতৈলোনসীসু চল্লী হাঈবসীনী। মরমদী হাঈরীবা লোন অসীগী Genetically (হৌরকফম) য়েঙবদসু অমত্তা ওয়গনী খল্লী। লোন সাগৈ/কাঙলুপ অসীগী মনুঙদা লৈরীবা লোনসীঙগী-ৱাহৈ, খোনথোক, খোলহাঈ (Tone) অমদী Grammatical items - Gender, tense, Number, Person অসীনচীঙবা থাক (level) কয়াদা মান্নবা লৈ। খুদম —

| মনীপুরী | বর্ম্মীজ | কুকী/নাগা | তীবত |
|---|---|---|---|
| মী (মীপোঙ) | মী/পোঙ | মী | মী |
| ঙা | ঙা | ঙা | ঙা |
| অমা | অমা | অমা | অমা |
| চে | চে | চে | চে |

*অসীনচীঙবা ।*

তীবতো বর্মন হাঈবা লোন কাঙলুপ অসী হীমালয় চীঙজাউগী অৱাঙ নোঙপোকলোমদা সন্দোরক্লীবা মসা-মরেঙ (চীঙসাঙ নাপোমসীঙ) অসীদা লৈবা/তাবা মৱু ওয়না তীবত্তকী বর্মা ফাউবগী মনুঙদা লৈরীবা মী কাঙলুপসীঙ অদুনা ঙাঙনরীবা লোনসীঙদুনী। মসীগী মনুঙদা (মনীপুরী-মীতৈলোন) অসী য়াম্না মৱুওয়বা অমনী। মরমদী মসীগী লোন, ময়েক, সাহীত্য অমসুঙ সঙস্ক্রীতীগী লীরবা অমসুঙ মপুঙ ফারবা ঈতীহাস অমা লৈ।

মনীপুরগী ঙল্লীঁঙৈগী মমীঙ ঔব্রা লৈবাক্কী মীনা কতে কৌঈ, তেখাও লৈবাক্কী মীনা (আসামীসীঙনা) মেখলা, মেখলে নত্রগা মেখলী দেস কৌঈ। ঈঙরেজসীঙনা করীগুম্বদা মেখলী হাঈবগী মহুত্তা মিকলী (Meekly) হাঈনা ঈরম্মী, কাসারীসীঙনা মোগলী হাঈনা কৌরম্মী। অসুম্না খেন্নবা কয়া লৈরবসু লমগী মমীঙদী অমবু কৌরবসু অমবু কৌরবসু থোয়না কাঈদে। লমদমসীগী মীয়ামগী ওয়বা লোনদী মীঁতৈলোন্নী হাঈবসীদী অসেঙবনী। মতম অদুদা ঙসীগী মনীপুন্নগী ফীভম অসী ওয়রমদবা য়াঈ। কাঙলুপ মচা-মচা অমদী লোন তোঙান-তোঙানবা কয়া লৈরমগনী। অদুম ওয়নমক মীঁতৈলোন অসীনা লমদমসীগী অপুনবা লোন ওয়দুনা লাকপনী। নীঙথৌজা, খুমন, লুৱাঙ, চকপা, চীঙমী ঈচীন ঈনাউসীঙ, মীতৈপাঙল অসীনচীঙবা ময়াম অসী হাঈরীবা লোন (মীঁতৈলোন) অসীদা অমগা-অমগা ৱারী-ৱাতাঈ সানবা, পুক্নীঙগী অনীঙবা-অপাম্বা ফোঙদোক্লদুনা চান্ন-চীন্ননা লৈমীন্নরকপনী। হাঈরীবা কাঙলুপসীঙ অসীগী ৱাঁহৈ ৱাতা কয়াসু মান্নে। (য়েঙ-লাঃ ৫)

মীঁতৈলোনগী হৌজীক লৈরীবা/উরীবা অপুনবা মসক-মসাজন (structure) ৱাঁহৈপুক্কে (vocabulary), খোলহাঈ (tone) অসীনচীঙবা থাক কয়াদা মথক্ত হাঈখীবা তীবতো বর্মন লোন কাঙলুপকী মনুঙদা লৈবা লোনসীঙগা য়াম্না নকসীন্নে।

'মীঁতৈলোন' হাঈবা ৱাঁহৈ অসী 'মীঁতৈ' অমসুঙ 'লোন' হাঈবা ৱাঁহৈ অনীসীনা পুল্লগা (মীঁতৈ + লোন = মীঁতৈলোন) সেম্বনী। 'মীঁতৈ' হাঈবা ৱাঁহৈ অসীনা মনীপুরগী মরুওয়না তম্পাক্তা লৈবা মী কাঙলুপ

অমমবু খণ্ডনৈ। অদুগা 'লোন' হায়বসীনা মীওয়বা অমদী অতৈ থবাঙ্গপানবসীঙগী পুকনীঙগী অপাম্বা অদু ফোদোক্লবা (ঙাঙথোক্লবা) পাম্বে অমনী। 'লোন' হায়বা ৱাহৈসীগী অতোপ্পা খোল্লোক 'রোন' হায়বা খোনথাঙ (এলোর্মোফ) ৱাহৈ অমা লৈ। অদুবু 'লোন' হায়বসীনা ঙল্লীঙৈ মতমদগী সীজন্নরকপগা লোয়ননা হৌজীকসু মপুঙফানা সীজন্নরী। অনৌবা মীতৈলোন্দা 'লোন' নত্রগা 'রোন' সীজন্নবদা করীগুম্বা ৱাহন অমত্তা খেন্নবা লৈতে। খুদম-মীতৈলোন-মীতৈরোন। 'রোন' হায়বসী 'লোন' (ল>র) দগী পোকলকপনী। অদুমকপু লাইরীকসীদা 'লোন' হায়বা ৱাহৈসীদা সীজন্নরী। 'লোন' অমসুঙ 'মীতৈ' হায়বা ৱাহৈ অনীসী হকথেঙনবা মরী লৈনদে। অদুবু ৱাহৈ অনীসী পুল্লগা (মীতৈ + লোন = মীতৈলোন) অপুনবা ৱাহৈ ওয়না সীজন্নবদগী মীতৈতগী ওয়বা লোন 'মীতৈলোন' হায়বা ৱাহন অসী পী। অদুম ওয়নমক মীতৈলোন অসী মীতৈতনা ঙাঙবা লোন অমদী নত্তে, হায়বদী মীতৈলোন অসী ঙল্লীঙৈদগী মী কাঙলুপ কয়ামুক্লা - চকপা, খুমন, নীঙথৌজা (মঙাঙ), মোয়রাঙ, মুসলীম, চীঙমীসীঙনচীঙবনা ঙাঙনবা 'লোন' অমনী।

'মীতৈ' হায়বা ৱাহৈ অসী মী অমসুঙ অতৈ হায়বদী মী+ অতৈ (কাঙলুপময়াম পুল্লগা) 'মীতৈ' ওয়ম্বীবনী। মৱুওয়না নীঙথৌজা, (মঙাঙ) খুমন, অঙোম, লুৱাঙ, মোয়রাঙনচীঙবা ময়াম্মা পুল্লগা ওয়রকপা/থোকলকপা অনৌবা মী কাঙলুপ অদুবু 'মীতৈ' হায়না কৌনখী। (মতাঙ অসী 'মীতৈলোনগী অনীসুবা মতম' হায়বা তাঙ্কক অদুদা সন্দোক্লা ঈরী।) 'মীতৈ' হায়বা ৱাহৈ অসী পন্দীত

ও. ভোগেসোরনা সম্পাদন তৌবা নীঙথৌরোন লম্বুবা লা. ১ দা য়াওরী "মীতৈ লৈমা লৈনাওতাবী" ২ হাঙ্গনা অদুগা পোয়রৈতোন খুনথোকপ অদুগী লা. ৩২ দসু পোয়রৈতোননা মী মথঙ মথঙ সীনথা পীরকপা মতাঙ অমদা হাঙ্গ "নয়ুম পোইরৈ মীতৈ ওইগদবা নঙদি নয়ামা ঙাইবদী লফুৎ লৈনা থাও য়োইচপন্নখিও।"৩ মতাঙসীগী ঐখোয়না খঙবা ঙমলীবদী 'মীতৈ' হাঙ্গবা ৱাহৈ অসী য়ামদ্রবদা পোয়রৈতোননা খুনথোকলকপা মতম (চাওরাক্লা অহানবা চহীচা) অদুৱাঙ্গদগী লমদম অসীদা সীজন্নবা/ঙাঙনবা হৌরক্লে হাঙ্গবসীনী।

মীতৈলোন অসী হৌবদগী ঙসীফাউবদা অহীঙবা লোন ওয়না লৈরক্লী হাঙ্গবদী হীঙলী। মরমসীনা মসীগী মনুঙ (ৱাহন) অমসুঙ মপানগী মসকতা অহোঙবা অমসুঙ অওনবা কয়া লাকখ্রে অমসুঙ লাকলী। অসুম্না মফম অমসুঙ মতমগী মতুঙঈন্না মসক (form) ৱাহন (meaning) হোঙবা অমসুঙ ওনবা হাঙ্গবসী হীঙদুনা লৈরীবা লোনগী হৌনসা ওয়বা লোনচত (nature) নী। মনুঙ অমসুঙ মপানগী মসক মান্নবা অমসুঙ মান্নদবসীঙ অসী য়েঙলগা মীতৈলোনগী খোঙচতকী মতম অসী তাঙ্কক মরী থোক্লা খাঙ্গদোক্নুনা নৈনবা য়াঙ্গ। মদুদী :-

১। অমম্বা মতম (অহানবা চহীচাগী মমাঙ)

২। অঙনবা মতম (১-১২৬৩)

৩। ময়াঙ্গ ওয়বা মতম (১২৬৪৪-১৮২৫)

৪। অনৌবা মতম (১৮২৬ তগী হৌজীকফাউবা)

## ১। অমম্বা মতম (অহানবা চহীচাগী মমাঙ) :-

লাঙ্গরীক অসীদা খ্রীস্তগী মমাঙগী মতমবু "অমম্বা মতম" হাঙ্গনা থন্নী। তাঙ্কক অসীগী মনুঙদা লৈরীবা অরীবা মীতৈলোনগী মসক অদু ঙসী উবা ফঙদ্রে। অমম্বদা লৈখীবগা চপ মান্নরে। অদুম ওযনমক ঐখোয়না হৌখীবা ঈতীহাস অমসুঙ সমাজ নৈনরোননচীঙবা নৈনরুবদগী চাউরাকপা মসক খরদী খঙবা ঙম্মী, মতম অদুগী লোনসীঙগী মসক অদুগা ঙসীগী মীতৈলোনগী মসক অসীগা য়াম্না খেন্নরগনী হাঙ্গবসীনী।

অমরোমদা ঐখোয়না খ্রীস্তগী মমাঙদা লৈরম্বা ফীভম অমসুঙ লৈবাক্কী লোনগী মসক অদুগা ঙসীগী মনীপুরগী ফীভম অমসুঙ লোনগী মসক অনীসী চাঙদম্নদুনা য়েঙবসু য়াদ্রে। মরমদী মতমদুদদী ঙসীগী মনীপুরগুম্না অপুনবা লৈবাক অমসুঙ অপুনবা লৈঙাক লৈবা নত্তে। কাঙলুপ মচা-মচা ময়াম অমা মাগী-মাগী ওয়বা চতনবী, ব্রায়েন থৌদা, লৈঙাক-লোন লৈদুনা চতনরম্বা/হীঙনরম্বা ঙাক্তনী। কাঙলুপ নত্রগা লৈবাক খুদীঙমক মাগী-মাগী ওয়বা লুচীঙবা লৈনবম্মী। মখোয়গী লুচীঙ মখাদা কাঙলুপ খুদীঙমক মনীঙতম্না, নুঙাঙ্গ-য়াঙ্গফনা লৈনবনী।

মথক্তা হাঙ্গরীবা অসী লৈদুনসু মখোয় মসেন লোন ফাউনদবা, অমনা অমগী লোন খঙনদবগী মওঙদী উদে/লৈতে। কাঙলুপ অমগী মীগা কাঙলুপ অমগী মীগা নত্রগা লুচীঙবগা-লুচীঙবগা ব্রারী-ব্রাতাঙ্গ সানবা, ঈ-পাও পীনবা মতমদা খঙনদবা লৈদুনা ঈন্তর প্রীতর (ব্রা হন্দোকপা মী) থম্নদে। খুদম ওয়না, খুমন নীঙথৌ থঙবী লানথাবগা মীতৈ নীঙথৌ থব্রানথাবগা মচা নীঙোল থাজনবা অমদী হাউকু

পাখঙসীঙগা লুৱাঙ চনু তরুক্কা ৱারী সানখীবা অদু পনবা/নীঙসঙবা য়াঙ্গী। খুদম ঃ—

"মথংলেল হাওকু পাখঙবা তরুকমানা পাওহংখিয়ে। হে য়োয়পুনাই নুংপাল চালনুরা ৱো খোয়নে নাতা তারুকমাপু কৌপা য়ারেক ৱো। নুরা চেংকোই মিচুপী, লাউৱা খুৎশা আতেংপী নঙখোয়পু আশি কোরু নুমিৎমতি লেমলৈ ঙাচং তামলমলে ৱালচেং ঙাশী ৱাৎয়ে। খোয়নৌ মাতা তরুকমানা পাওখুয়ে। ।৬৩।। হাওকু পাখংপা আতাম য়ীতম শোয়লওপা তরুকমক ৱো য়ীখোয় তরুকমাতি কৌপা য়ারেকপাপু ঙমলোইয়ে। য়ীপল নুপাল আঙনপা য়ীতু লুৱাং আরেপানা ৱাতা মীৱাঙৈনে" [৪] (খোং. নোং. লা. ২৮-২৯)

য়াম্না ঙল্লীঙৈ মতমগী লোনগী মসক অসী ঐখোয়না খনবদা খোনথোক অমসুঙ ৱাহৈ য়ামদবা, ৱাহৈ পরেঙ তেনবা অমদী ৱাহৈপুক্কে পুঙচাউ-চাউদবা ওয়গদ্রা নীঙঙ্গী। অদুবু মখোয়গী অনীঙবা অপাম্বা ময়াম অদুদী খুদম-পাম্বৈনচীঙবা কয়া সীজন্নদুনা ঈরাঙ্গী লাঙ্গনা ফোঙদোক্লবা হোতনরমগনী/ফোঙদোক্লবা ঙম্লমগনী।

য়াম্না ঙল্লীঙৈ মতমগী চতনবী, লৈঙাকলোন, লাঙ্গনীঙ-লাঙ্গসোন, ৱারী, পাউরৌ, পাউতাক কয়া অদুনা মথঙ-মথঙ চীনথাঙ য়ৈনা লাক্লগা ঙসীগী লন ওয়নরী। মসীগা লোয়ননা মখোয়গী লোনসীঙ অদুদগী থৈথরকপা মসক অদুনা ঙসীগী অনৌবা মীতৈলোনগী মসকসীসু ওয়রী। অমম্বা মতম অসীগী ওয়বা য়াবা অরীবা লোন/ৱাহৈ খরা মখাদা পীরী :-

অকনমীপোক = থৌনাফবা ; খঙলৈয়াঙ = কন্না চেনবা; অতীঙঙা = অরেম্বা ; অথাকাঈবা = ঈফীঙ ফীঙবা ; অসুপ্পা = অঙম্বা; অয়ুম = ঈয়ুম ; ঈঙারুক = য়েক্লবা ; ঈচী = ঈয়াম্বা ; ঈচুম্মা = ঈতাউ/মরুপ ; ঈথেম্বা = ঈসীঙ চেনহনবা ; ঈনফুঈ = ঙা ফানবা লাঙ ; ঈয়েল্লু = খাঙয়ুপ ; ঈয়োঙবা = ঈসীঙ থকপা ; নাঈফরো = পুকনীঙ মরোঙ-মরোঙ লোঙবা ; ওঙলৌ = হকচাঙ ; ঔরী = থৌরী; কাঈ = দোলাঈ/কু ; কোঙদীঙ = সম্বুল ফী ; খমলাঙ = অরীবা ৱারী; খুলপু = লুচীঙবা/প্রধান ; খেকমোয় = হাঁমৈ ; ঙাঙোয় = মোয়রাঙ ; চঙৌ = চাক অঙৌবা ; চমু = চাক অমুবা ; চীকমাবা = চীঙ মপু ; চেঙপী = লৈঙোয় ; চোয়নৌ = সনা ; তনমু = তাউতেক = নৌ ; মকী = তুনুঙ = লঙ ; তেঙমাঈ = লোয়সঙ মকোক ; নোয়নু = থুম ; থমঙ = লোকলৌ = ঈসীঙ ; থেরে = লা; নয়ুম = নখোয় ; পসোন = চফু ; পাকলোয় = কোয়েত ; পাকোয় = পীসুম; পানোক = হাঈবী = সীঙজঙ ; মুকমু = সল ; লাঙজৈ = ময়াঈ; লাঙহৈ = চহী, কুম ; লু = লালু = কোক ; লোঈমু = ঈরোয় ; ৱাঈরঙ = নোঙপোক ; লোয়লোয় = নোঙচুপ ; সময়া = সমজেত; ৱাঙলৈ = য়ু ; ৱাকয়ৈ = হী ; য়াঙলৈ = হুঈ ; য়োয়হৈ = ঈবেম্মা; য়োয়হেনবা = ঈবুঙঙো ; লাকলৌ = ঈসীঙ ; কোঙ = কঙফাল ; থাঙুরেন = লৌমী ; ঙাতোয় = ঙাখা ; অফাউবা = অথৌবা ; তোতপা = সীবা ; মুঙবী = লম্বী ; খোঙ = পুঙ; য়াঈ = মৈ ; মাক = লীরুঙ ; ৱালখু = মৈখু ; ফোন = সীঙ ; তীঙসাহোরা = নুপা ; হঙগেন = হৌদোঙ ; নাসা = নুপী অসীনচীঙবা ৱাহৈসীঙ অসী হৌজীকী মীরোন্না খঙবদা ৱারবা কয়া অমম্বা তাবুনুঙদা তাদুনা লৈরী। অরীবা পুয়ানচীঙবা

পাদুনা থীদোকলগা পুথোকপা ঙস্নবদী ঙসীগী মীরোন্না য়াম্না কান্নবা ফঙগনী হায়না থাজে। "মনিপুরদা লৈবা, পোকপা অমদি মনিপুরগী ব্রাংমদা খুন্দাদুনা লৈখিবা মনিপুরীশিংনা অদুগা থোইদোকনা মনিপুরগী চীঙদা লৈবা তোঙান তোঙানবা কাঙলুপকী মীনা মখোয় মশেন অমগা অমগা ব্রা ঙাওনবদা শীজন্নবা মনিপুরী লোন্দি মৈতৈলোন্নি।"[৫] মতমসীদা সীজন্নরম্বা ব্রাহ্মেপরেঙগী মসক্তী উবা ফঙব্রে। অদুবু অসুম খনবদা ব্রাহ্মেপরেঙ য়াম্না তেনবা মওঙদা সীজন্নরমগনী খল্লী। মতাঙসীদা পল্লীবা কাঙলুপ মচা-মচাসীঙ (লৈবাকসীঙ) অসীনা অপুনবা মীতৈ লৈবাক্কী মসক ওয়রকঈ হায়বসী মথঙগী তাঙ্ক্ক অনীসুবদা সুগায়না নৈনরী।

## ২। অঙনবা মতম :- (খৃঃ ১-১২৬৩)

অনীসুবা তাঙ্ক্ক অসীদা মীতৈলোনগী খোঙচত্তা অঙনবা মতম হায়বদী নোঙদা লাঈরেন পাখঙবনা পানবা মতমদগীনা মৈদীঙঙু খুমোম্বানা পানবা মতম (১-১২৬৩) ফাউবা থল্লী। হায়রীবা মতম অসীদা মপানগী অকনবা ঈথীল/সাফু লৈখীদে। থোয়দোক্লা লোনগী ওয়বা মচাকসীঙদা অহোঙবা/অওনবা লৈতে। মরমসীনা লমদমসীগী ওয়বা লোন, চতনবীনচীঙবা কয়াসীগী মসক অদু ময়েক সেঙনা লৈ/উবা ফঙঈ।

নোঙদা লাঈরেন পাখঙবগী মচা মসুসীঙ অসীবু নীঙথৌজা (মঙাঙ) সলাঈ হায়না খঙনৈ। হায়রীবা নীঙথৌজা অসীনা লমদম অসীদা পানবা হৌখীবসী চাউরাক্লা খ্রীস্তগী চহী ৫১৮-৫৬৮ ফাউ মতম

অদুব্রাঈদগী ওয়গনী হাঈনা অখণ্ড অহৈসীঙনা লৌনৈ। "থমংলাংনা নিংথৌজাগী য়ুম্লাক তাবা হৌখী।" ৬ (চৈ.কু.লা ৪) হাঈনা ঈরী। মতম অসীব্রাঈদা পাল্লম্বা কাঙলুপ মচা/মচাসীঙ অদুগী মনুঙদা নীঙথৌজা অসীনা খ্বাঈদগী হেন্না খুতকন পানগনবা অমসুঙ হৈসীঙবা কাঙলুপ ওয়রম্মী। মরমসীনা অতৈ কাঙলুপসীঙ (অঙোম, খুমন, লুব্রাঙ, মোয়রাঙনচীঙবা) অসী মথঙ-মথঙ নীঙথৌজাদা পুল্লকখী। ব্রাফমসী ব্রাহৈ পরেঙসীঙ অসীনা সৌগতলী। "শ্বৃস্তগী অহানবা চহীচাদা খাবা সাগৈনা পাল্লম্বা লোয়শিনখি। মদুদগী মখোয়সে মীতৈ সমাজদা পুনখ্রে।"৭ মথঙদা অঙোম কাঙলুপসু নীঙথৌজাদা পুনখী। "অঙোম সলাঈনা পানবা মতমগী ধর্ম্ম, লাঈনিং-লাঈসোন, লান্ন-থৌরম পুন্নমক নোঙদা লাইরেন পাখঙবনা তৌবগুম তৌখ্রে।" ৮

মতৌ অসুম্না "খুমন" সু নীঙথৌজাদা পুনখী। "খুমনগী লৈবাক ঙাকপগী চুপ্লী সাসন পুন্নমক নিংথৌজানা পাইখী।"৯ মতৌ অসুম্না নীঙথৌজানা লম মথঙ-মথঙ সন্দোকখী। মমৈদা মোয়রাঙসু লৌসীনখী। "মোইরাঙ অসি চহীচা কয়া মনীঙতম্বা লৈবাক অমা ওয়না পাল্লম্মী। অদুবু নিংথৌ সনাহোঙবগী মতমদগীদি মীতৈ নিংথৌ নিংথৌখোম্বগী (মতম ১৪৩২-১৪৬৭) মখাদা লৈহনখি।"১০ মোয়রাঙনা মীতৈদা তীনখীবা অসীগা লোয়ননা তম্পাক্কী লম পুন্নমক মীতৈগী ওয়খী। মসীগা লোয়ননা চীঙগী লম কয়াসু মীতৈদা পুনসীন্দুনা অমত্তা ওয়না লৈমীন্নখী। " Different people with different languages have come and settled in Manipur. Most of them have been absorbed in some principal units. When

all such units were united by certain kings, thus the Meetei Nation was born."[১১]

মথক্তা লমদমসীদা লৈবা সাগৈ কাঙলুপ লৈবাক কয়া মীতৈদা মথঙ-মথঙ পুনসীনখীবগী মতাঙ অমা সমলপ্পা পীখীবগী মরমদী মতমদুদা পাল্লম্বা/ লৈরম্বা লৈবাক মচা নত্ত্রগা কাঙলুপসীঙ অদুগী লোনগা মীতৈগী লোনগা নত্ত্রগা কাঙলুপ অমগা-অমগগী মনুঙদা লোন খেন্নবা/মান্নদবা লৈতে হাঙ্গবসী উতন-তাক্লবনী। করীগুম্বা মতম নত্ত্রগা মফম খরদা ৱাহৈ খরা-খজীক খেন্নবা নত্ত্রগা মান্নদবা লৈরবসু মদুনা মী অমগা-অমগা খঙনদবা (ৱা ফাউনদবা) ওয়বদী নত্তে। কাঙলুপ অমনা কাঙলুপ অমগী লোন অদু খঙবা অমসুঙ ঙাঙবা ঙম্মী। খুদম ওয়না মীতৈ নীঙথৌ খুমোম্বদা "খুমন্না লান নেক্লদুনা লান পাংবা চৎলে। কবোগা খুমনগা মৈতৈগা লান শোকনৈএ। কবোবু মৈতৈনা চাইখাইদুনা ফারে। লান্দী স্নাচীপানথোঙনা চা শায়বা, লুপা চীনপানথোংনা ঈয়োংবনচীঙনা লান য়াম্না ফাএ"[১২] (চৈ.কু.লা ১৪) হাঙ্গনা পল্লী/ ঈরী। লৈরীবা/থল্লীবা মতম অসীদা পাল্লম্বা/লৈরম্বা নীঙথৌ অমসুঙ মাগী প্রজা পুম্নমক মীতৈলোন অসী খঙবা/হৈবা অমদী ঙাঙবা ঙম্বা ঙাক্তা ওয়। হাঙ্গবদী মীতৈলোন্না লমমদমসীগী মরু ওয়বা লোন্নী।

মতাঙ অসীদা য়েঙলীবদী মীতৈ নীঙথৌগা খুমন নীঙথৌগা ৱারী সান্নবদা নত্ত্রগা পাউ পীথোক-পীসন তৌবদা লোন ফাউনদবা লৈদুনা লোন হন্দোকপা মীগী মতেঙ লৌখীবা লৈব্রা হাঙ্গবদনী। অদুবু করীগুম্বা মতাঙ অমদা হাঙ্গরীবা ৱাফম অসী খেঙনদে। মতৌ অসুম্না অতৈ কাঙলুপ-অঙোম, লুৱাঙ, মোয়রাঙনচীবা কয়াগসু মীতৈগা

তোতনা-তীন্নদুনা লৈমীন্নে। অদুবু মখোয়গী মরক্তসু লোন ফাউনদবা লৈখীদে। অমগা-অমগা পুন্না লেমীন্নদুনা ৱারী-ৱাতাঙ্গ সামীন্নদুনা অৱা-নুঙাঙ্গ পাউদম্নে। হাঙ্গরীবা লোন ফাউনদবা/খঙনদবা অসী লৈতে হাঙ্গদুনসু-মখোয়-মখোয়গী ওয়বা খোলহাঙ্গ, খোনথোক খরদী অদুম লৈনৈ। করী করীগুম্বা মতাঙদা ৱাহৈ মান্নদবা লৈবা ফাউবসু য়াউরকঙ্গ। অদুবু মদু অতোপ্পা তারীবা মী অদুনা অদুম খঙবা ঙম্বদী ওয়। মরমসীনা মখোয়দা অতোপ্পা লোন অনীমক খঙবা লোন হন্দোকপা মী থম্লখীদে। খুদম ওয়না মখাদা ৱাহৈ খরা পীরী -

| <u>মীতৈলোন</u> | <u>চকপা</u> |
|---|---|
| ফুরা | ফয়া/ফৈয়া |
| মৈখু | ৱালহু/ৱালখু |
| শীঙ | ফোল/ফুল |
| ঈয়াম্বা | পসু/অপী |
| ঈনাউ | নাসে/নাসী |
| কৈজেঙলাঙ | হুলজেঙসে/কৈজেঙলাঙ |
| হৌদোঙ | হঙগেল /হঙজীল |

*অসীনচীঙবা।*

| <u>মীতৈলোন</u> | <u>খুমনলোন</u> |
|---|---|
| পাত | কোন |
| কঙফাল | য়া |
| সীবা | ফুবা |
| থম্মা | লাঙ্গরা |

| | |
|---|---|
| য়েনপা | মোয়পাঙ্গ |
| য়েনপী | সোয়থীঙ |
| য়ুম | কোন/য়াকোন |
| নৌ | তাওতেক |
| | *অসীনচীঙবা।* |

| <u>মীতৈলোন</u> | <u>মোয়রাঙলোন</u> |
|---|---|
| কঙফাল | কোঙ |
| ঈসীঙ | লোকলৌ |
| নৌ | খুমু |
| সীঙজঙ | হাঙ্গবী |
| মাঙ্গবা | মোয়বা |
| অঙাঙ | তোরো |
| ঙাখা | ঙাতোয় |
| অথৌবা | খাবা |
| | *অসীনচীঙবা।* |

হাঙ্গরীবা মওঙ অসীদী হৌজীকসু ঐখোয়গী মরক্তা অসুম থোকলী। ঈম্ফালগী লোনগা সেকমাঈ, ককচীঙ, ফয়েঙনচীঙবগী লোনসীঙগী ব্রাহে খোনথোক-খোলহাঙ্গনচীঙবা থাক কয়াদা মান্নদবা লৈ। অদুবু অসীগুম্বা ময়ামসী লৈ হাঙ্গদুনা অমনা-অমগী লোন হন্দোকপা মী অমগী মতেঙ লৌবুবগী মথৌ তাদে। মতৌ অসুম্না মীতৈলোনসী য়াম্না ঙল্লীতৈদগী হৌনা লমদমসীগী “মীয়ামগী ওয়বা লোন” (Lingua Franca) ওয়না লৈরকলী। সম্না হাঙ্গরবদা অসীগুম্বা

মান্নদবসীঙ অসীনা মীতৈলোনগী ৱাহৈপুকে হেন্নদুম মপুঙ ফাহল্লী।

মতৌ অসুম্না অরীবা মতমগী মীতৈলোনগী মসকসী ঙসীগী মীতৈলোনগী মসককা চাঙদম্নদুনা য়েঙবদা মান্নদবা কয়া লৈবা উঈ। অরীবা মীতৈলোন্দা পুন্না খোনথোক ২৩ লৈ। মসী অমুক হন্না কাঙলুপ অনীথোক্লা খাঈদোকপা য়াঈ -

(ক) নীঙসা ময়েক (Vowel)

অ আ ঈ উ এ ও = ৬

(অ + ঈ = ঐ, # আ + উ = ঔ) = ২ (৬ + ২ = ৮)

(খ) হক ময়েক (Consonant)

ক খ ঙ চ ত থ ন প ফ ম য় ল ৱ স হ্ (১৫)

মখোয়সীঙ অসী মীতৈলোনগী ওয়বা অরীবা ৱাহৈসীঙগী মমাঙ ময়াঈ অমসুঙ মতুঙদা লাকপা ঙম্বা খোনথোক ঙাক্তনী। মখোয়গী সীজন্নফম লাকফম মখাদা পীরী ঃ-

(ক) নীঙসা (ভোৱেল) ময়েকসীঙ ঃ-

| ৱাহৈগী অহৌবা | ৱাহৈগী ময়াঈ | ৱাহৈগী মতুঙ |
|---|---|---|
| /অ/ -অমা | কনবা | তম্বা |
| /আ/ -আদা | চাক | মনা |
| /ঈ/ -ঈসীঙ | মসীঙ | অনী |
| /উ/ -উনা | অউবা | মউ |

| | | |
|---|---|---|
| /এ/*-য়েন্দাঙ | ময়েক | মকে |
| /ও/-ওক | মপোক | লাকখো |

মথক্তা পীরীবা খোঙ্গোক ৬ (তরুক) অসী ময়েক অনী তীন্নরগা ওয়বা খোনথোক অ + ঈ = ঐ অমসুঙ অ + ও = ঔ সু লৈ। অদুবু অনীসী মীতৈ ময়েক্তদী লৈতে। বাঙলা ময়েক্তদী লৈ। মীতৈ ময়েক্তা ' অ' দা চৈতপ মথঙসীতনা "ৈ" অমসুঙ "ৌ" তপসীল্লগা ঈনৈ। মসী নত্তবা অতোপ্পা মঙ্গ অমসু লৈরী - "ঐ" গী মহুত্তা "অয়" অমসুঙ "ঔ" গী মহুত্তা "অব়" ওয়না ঈবা য়াওঈ। হাঈরীবা খুতঈসী মীতৈগী পুয়াসীঙদা ফঙঈ।

| | | |
|---|---|---|
| /ঐ/ - ঐখোয় | মফৈ | ফৈ |
| /ঔ/ - ঔগ্রী | কৌবা | ফৌ |
| - ঔরী | (থৌরী) | পৌ |
| | | *অসীনচীঙবা ।* |

(খ) হক (কন্সোনেন্ত) ময়েক্কী সীজন্নফম ঃ-

| | | |
|---|---|---|
| /ক/ কনা | মকপ | ফক |
| /খ/ খরা | মখল | X |
| /ঙ/ ঙসী | মঙক | মঙ |
| /ত/ তনবা | মতম | খুত |
| /থ/ থরো | নমথাক | X |

---

*খোঙ্গোক্কী মসক্তা ঈবগী মওঙ খেন্ননা ঈনরবসু/উরবসু খোঙ্গেন্তী যাগ্রে। হাঈবদী খোঙ্গোক অসী ঙল্লীঙেদগী লৈরক্লে। এক্লাঙ - হাঈনা কনাগুম্বনা সীজৈয়ে।

| | | |
|---|---|---|
| /ন/ না | মনম | লোন |
| /প/ পা | মপাল | নপ |
| /ফ/ ফম | মফম | x |
| /ম/ মা | লামবা | লম |
| /য়/ য়া | ময়াঙ্গ | ওয় |
| /ল/ লা | কলাক | মমল |
| /ৱ/ ৱা | মৱা | x |
| /চ/ চকপা | অচাবা | x |
| /হ/ হক | মহৌসা | x |
| /স/ সম | মসা | অস |

*অসীনচীঙবা।*

মতম অসীদা মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুক্কেদা মপানগী ৱাহৈ খরা চঙবা হৌরে।

***খুদমঃ*** সায়া, ময়াঙ, মেরীয়া, সকাব্দ, চন্দ্র/সূর্য বীস্নু, দয়া, ঈস্বর, স্রী, মন্দীর অসীনচীঙবা ৱাহৈগী মসকসী ফঙঈ।

**ৱাহৈপরেঙগী খুদম ঃ-**

"নীঙনাঙপুতী য়াঙকক খীরো হায়না কৌয়ে।"[১৩] (খো. নো.-লা ২) "নীঙনাঙপুতী লেলোকৱো কৌয়ে।"[১৪] (খো.নো.-লা ৩) "য়ীঙঙেন কুমখাঈ লৈবু য়োঈনায়ে।"[১৫] (খো.নো.-লা ৫) "তৌইগীদী নঙবু য়াম্না ওইবদী ওইচু নত্তে।"[১৬] (পোই. খুন.-লা ৬) "হোয়দা ঐদী তাইবঙ পোঙনে পাউখুমখীএ।"[১৭] (পোঈ.খুন.-লা ৭) "থারোঙ লোঈরেন ওঙএ।"[১৮] (পোই. খুন.-লা ৮) অসীনচীঙবা।

## ৩। ময়াঙ্গ ওয়বা মতম ঃ- (১২৬৪-১৮২৫)

খ্রীস্তগী কুম ১৩২৪-১৮২৫ গী মতম অসী মীতৈলোনগী ঈতীহাসতা 'ময়াঙ্গ ওয়বা মতম' হাঙ্গনা থন্নী। হাঙ্গরীবা মতম অসী মৈদীঙঙু কোঙয়াম্বা (১৩২৪) দগী মৈদীঙঙু গম্ভীর সীঙহ্গী মতম (১৮২৫) ফাউবগী চাউরাক্লা চহী ৫০০ (চামঙারোম) অসীনী। মতমসীগী মনুঙদা লৈবাক (মনীপুর) অসীগা অতৈ অতোপ্পা লৈবাক (সরকার) কয়াগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈনবা নত্রগা য়েক্লবা ওয়না লান তৌনবা কয়া য়াউখী। মবু ওয়না - অবা, তখেল, বঙ্গদেস, ব্রীতীসনচীঙবা লৈবাকসীঙ/সরকারসীঙ অসীগনী। মখোয়না মনীপুরগা-চারৌ-মৌরৌনবা, লল্লোন-ঈতীক, চতথোক-চসীন তৌবা, লাল পাঙনবা, মরুপ সান্নবনচীঙবা তৌদুনা য়াম্না নক্লবা অফবা মরী থম্নখীবা মতম লৈখী। অদুগা করীগুম্বা মতমদনা য়েক্লবা ওয়দুনা লানথেঙনবা, অঙম-অঙম হাততোক্লবগী তানজা কয়াসু লৈনখী/ থোকখী। খুদম ওয়না-"মৈদীঙঙু ক্যাম্বগা পোং নিংথৌ চৌফা খেকখোম্বগা লোয়ননা ইংথি মফৈ লম ১০০ পাকপবু সনা লুপানা থোং শাদুনা মবিঙা লানর্মিন্নেএ। সনাগী লি অমত্তদা থকর্মিন্নেএ। কবো ক্যাং খমপাৎ নার্মীন্নেএ। ক্যাং ঙমএ। ..... পোঙ নিঙথৌ চৌফা খেখোম্বগী মনাই লাকবান পেরে খোংবগা মৈদিঙঙু ক্যাম্বগী মনাই শেক্তা পুংয়েবগা সির্মিন্নেএ।"[১১] (চৈ.কু.লা. ১৯) অসুম্না পোঙ নীঙথৌগা মীতৈ নীঙথৌ পুঙয়েবগা বারী সান্নবা অমদী মী পীথোক পীসন তৌনবা নত্রগা লানফা ওয়না থম্নবা মতমদা লোন ফাউনদবা/খঙনদবা লৈবগী খুদম ফঙদে। মীতৈনসু পোঙগী মরোল খঙবা অদুগা পোঙনসু মীতৈলোন খঙনবগী মওঙ লৈ। অতোপ্পা অমরোমদনা অসুম্না চঙথোক-

চঙসন তৌনবা অসীদগী লৈবাক্কী ওয়বা নাত (কলচর) চতনবী অমসুঙ লোন্দা অচৌবা অহোঙবা অমা পুরক্লবা অকনবা সাফু পীখী। মসীদগী মীতৈলোনগী খোনথোক ৱাহৈগী মসক ৱাহৈপরেঙনচীঙবগী থাক্তা অহোঙবা/অওনবা কয়া লাকখী। মতমসীদা চঙলকখীবা ৱাহৈসীঙসী মখাগী অসুম্না খাঙদোকপা য়াঙ্গ ঃ-

**(ক) মনীপুরগা য়ুমলোন্নবা খা-নোঙপোক্কী লৈবাকসীঙগী মসক কাঙদনা চঙলকপা ৱাহৈ খরা ঃ-**

| | | |
|---|---|---|
| ১। | পোঙ | সুকামফা |
| | সান | চে |
| | মী | তাঙ্গ |
| | চেক | ক্যাঙ |
| | খমপাত | |

*অসীনচীঙবা।*

**(খ) মীতৈলোনগী ৱাহৈ হাপচন্দুনা সীজন্নবা ঃ-**

| | | |
|---|---|---|
| ২। | খাহী + ঙম্বা | = খাহীঙম্বা |
| | পোঙ + হৈতোন | = পোঙহৈতোন/পুঙদোল/পোঙদোল |
| | পোঙ + হৱাঙ্গ | = পোঙহৱাঙ্গ |
| | পোঙ + ঈঙখোল | = পোঙঈঙখোল |
| | পোঙ + হুত | = পোঙহুত/পুঙহুত |
| | অৱা + ফদীগোম | = অৱাফদীগোম |
| | কবো + লু | = কবোলু/কবোরু |

*অসীনচীঙবা।*

**(গ) খা-নোঙচুপ (ভারত) কী মসক কাঈদবা ৱাহৈ খরা ঃ-**

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ৩। ঈস্বর | = | (ঈশ্বর) | ধরমা | = | (ধর্ম্ম) |
| শ্রী | = | (শ্রী) | য়ুক্ত | = | (যুক্ত) |
| রাজা | = | (রাজা) | বীসনু | = | (বীষ্ণু) |
| জোয় | = | (জয়) | প্রভু | = | (প্রভু) |
| ক্রীপা | = | (কৃপা) | অগনী | = | (অগ্নী) |
| দুরগা | = | (দুর্গা) | চরন | = | (চরণ) |
| মন্দীর | = | (মন্দির) | মহারাজ | | |

*অসীনচীঙবা ।*

**(ঘ) মসক কাঈনা/হোঙনা চঙলকপা ৱাহৈ ঃ-**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪। | কঙকারাম | = | (গঙ্গারাম) |
| | ফলালী | = | (ফলালীন) |
| | চন্দোল | = | (চন্দল) |
| | চাতাঈ | = | (চতাঈ) |
| | সীদান্ত | = | (সীধান্ত) |
| | লোখোল | = | (লক্ষল) |
| | বোর | = | (বড়া) |
| | কোরা | = | (গোরা) |
| | সুত সাহেপ | = | (ছোতাসাহেব) |

*অসীনচীঙবা ।*

**(ঙ) মীতৈলোনগী ৱাহৈ হাপচন্দুনা সীজন্নবগী মওঙ ঃ-**

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৫। তেখাউ | + | তেঙ্গোত | = | তেখাউতেঙ্গোত |
| তেখাউ | + | খুজাঈ | = | তেখাউখুজাঈ |
| তেখাউ | + | চাঈসেল | = | তেখাউচাঈসেল |
| তেখাউ | + | পুখম | = | তেখাউপুখম |
| তখেল | + | লৈ | = | তখেললৈ |
| তখেল | + | থাঙ | = | তখেলথাঙ |

*অসীনচীঙবা।*

**(চ) ভারতকী মপানলোমদগী/য়ুরোপলোমদগী চঙলকপা ৱাহৈ খরসু মতম অসীদা সীজন্নবা হৌখী ঃ-**

| | | |
|---|---|---|
| ৬। সুকরখান | = | সুপরফাঈন (Superfine) |
| তেরসীঙ | = | কেরোসীন (Kerosene) |
| লালতেন | = | লেনর্তন (Lantern) |
| ঈস্কা | = | স্কোত (Scott) |
| কপতান | = | কেপতন্ত (Captain) |
| পুরুন | = | ব্রাউন (Dr. R. Brown) |
| কমীসোনর | = | কমীসনর (Commissioner) |
| কীরান | = | গ্রান্ত (Capt. Grant) |
| মেনসীম | = | মেকসুয়েল (Major H. St. P. Maxwell C.S.I.) |

*অসীনচীঙবা।*

**ব্রাহ্মেপরেঙগী খুদম ঃ- সনা চরন খাদা ননাঈবু কৃপাবীয়ু ।**
**বিনিতগনবু চানবীয়ু ।** *অসীনচীঙবা ।*

মথক্তু খরা পীত্রীবা ব্রাহ্মেসীঙ অসীদা নত্তনা মতম অসীদা অতৈ তোপ্পা ব্রাহ্মে য়াম্না চঙলকখী। অদুবু চঙলকপগী মওঙদী মথক্কী মওঙ/ কায়াত অসীদা চঙবা ঙাক্তা ওয়গনী। মফমসীদা মতমদুদা চঙলকপা ব্রাহ্মে লোয়নমক লীস্ত (List) তৌদ্রে। মরমদী মদুমক্তা লোনগী খোঙচত নৈনবা য়াম্না হেন্না কান্নরোয় খনবদগীনী। অদুগা অতোপ্পা ব্রাফম অমনা অতোপ্পা লোন্দগী ব্রাহ্মে চঙবা হাঈবসী হৌনসানী। মসীসু (Noun) গুম্বা ঙাক্তু হান্না চঙঈ। Verb কী থাকতা ব্রাহ্মে চঙলক্লবদী য়াম্না লুরে। "অদুবু মীতৈলোনগী মতাঙদদী নাউনগী থাক্তু ব্রাহ্মে য়াম্না চঙলকখীবনী। ভাবকী থাক্তুদী চঙবা ঙমখীদে। অদুম ওইনমক হীন্দু ধর্ম্মনা মপালফনা পাল্লীঙৈ মতমদদী সঙসক্রীত নত্রগা বাঙলা ব্রাহ্মেগা মীতৈলোনগী ব্রাতপকা পুল্লগা/তীন্নরগা ভাব ওয়না সীজন্নবা মতাঙ খরা য়াউখী।"

*খুদম ঃ—* ননাঈবু কৃপাবীয়ু ।
তোল্লবা ভক্তনী ।

লাঈরীক অসীদা থল্লীবা ময়াঈ ওয়বা মতম হাঈরীবা তাঙ্কক অসী য়াম্না মরু ওয়। মরমদী মতমসীদা মনীপুরী খুনাঈগী পুন্সী মহীঙদা, ধর্ম্মদা, নাত্তা, লোন্দা নত্তনা য়ুমলৈ-কৈরৈ, লম্বী-থোঙ, চতথোক-চতসন্নচীঙবদা অকনবা সাফু অমগা লোয়ননা লৈঙাকলোন্দসু অওনবা/অহোঙবা কয়া লাকখী। মসীগী মমী / মঙাল মীতৈলোনগী খোনথোক্তা ময়েক সেঙনা তাঈ।

*খুদমঃ-*

| | | |
|---|---|---|
| চাকনী | - | চাগনী |
| আতনী | - | আদনী |
| চালম্বা | - | চারম্বা |
| হাঙ্গচপা | - | হাঙ্গজবা |

*অসীনচীঙবা ।*

**অনৌবা খোম্লোক ঃ-**

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ক | > | গ | | চ | > | জ |
| ত | > | দ | | প | > | ব |
| ল | > | র | = | ৫ অসীনী । | | |

খোনথোক মঙা অসী মথঙসীতনা - **ক চ ত প ল** গী মফম খরদা মহুতসীন্না সীজন্নবা হৌরকখী। মসীগী খুদম মখাদা পীরী ঃ-

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| চা | ক্ | নী | = | চাগ্নী |
| তা | চ্ | নী | = | তাজ্নী |
| মা | ত্ | নী | = | মাদ্নী |
| পা | প্ | তী | = | পাব্দী |
| লা | ল্ | নী | = | লার্নী |

*অসীনচীঙবা ।*

অসুম্না মীতৈলোনগী ঈতীহাসতা অঙনবা মতমদা পুন্না খোনথোক ২৩ (কুনহুমদোয়) লৈরম্বদগী ময়াঙ্গ ওয়বা মতমগী খোনথোক ৫ (মঙা) অসীগা পুল্লগা "ময়াঙ্গ ওয়বা মতম" অসীফাউবদা পুন্না মীতৈলোনগী খোনথোক ২৮ (কুননীপাল) সুরকখী। মতমসীদা

খোনথোক ২৮ অসীনা মীতৈলোন অসী ফজনা ঈবা য়াঈ।

ময়াঈ ওয়বা মতম অসীদা নীঙসা (স্বর ময়েক) খোনথোক মসীঙদী হেনগতখীদে। অদুগা মথক্তা পীরীবা হ্ক ময়েক মঙা অসীগা লোয়ননা অনৌবা ৱাহৈ কয়া চঙলকখী। মসী মপাললমগী মীওয়সীঙগা সম্নরকপদগীনী।

## অনৌবা মতম (খৃঃ ১৮২৬) তগী হৌজীক ফাউবা ঃ-

অনৌবা মতম হাঈনা থল্লীবা অসীগী মতম অসী মনীপুরগী ঈতীহাসতা য়াম্না মরু ওয়বা অমনী। মরমদী মনীপুরগী নীঙথৌ মচীন মনাউসীঙগী মনুঙদা নুঙাঈনরক্তবনা মরম ওয়দুনা লৈবাক কাঈখী। অদুবু মৈদীঙগু গম্ভীরসীঙনা ব্রীতীসকা খুতসম্নদুনা মনীপুরবু অমুক অৱাগী মখুত্তগী কনবা ঙমখী। মতমসীদগী লৈঙাকলোনগী ওয়বা হীরমসীঙদা ব্রীতীসকী খুত চঙবা হৌখী। লমদমসীগী হৌনা লোনচত, সেন-থুমগী ফীভম, লম্বী-থোঙ অমদী লল্লোন ঈতীক্কী হীরম কয়াদসু অওনবা লাকখী। মরম অসীদগী মনীপুরী লোনগী মনুঙ অমসুঙ মপানগী মসক্তা অওনবা/অহোঙবা লাকখী। লোয়ননা অনৌবা ৱাহৈ কয়ামসু চঙলকখী। লোনগী মসাজন (structure) অমসুঙ ৱাহন্দা (Meaning) অওনবা লাকখী। সম্না হাঈরবদা লোনগী থাক কয়াদা খোঙজেল য়াঙনা অহোঙবা লাকখী।

অসুম্না মীতৈলোনগী (মনীপুরী লোন) ৱাহৈ পুক্কেদা সঙসক্রীত, হীন্দী, বাঙলা, ঈঙলীসনচীঙবা লোনসীঙগী ৱাহৈসীঙ অথীঙবা লৈতনা চঙলকখী। খুদম খরা- অঙ্ক, আচার্য্য, আমাবস্যা,

একা, কীসান সভা, অহীংসা, আন্দোলন, ধারনা, ভুমী, দারোগা, নোঙমৈ, মালেসা, সীফাঈ, সাহেব, থানা, চীতাগোঙ, ঈতী, ঈন্দ্রী, খের, নবদ্বীপ, কাসী, মেজর, কপতন, হেন্দীমেন, স্কুল, সাঈকীল, রীপোর্তি, এজেন্ত অসীনচীঙবা।

মথক্তা পীরীবা ৱাহৈসীঙ অসীদা নত্তনা মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুক্কেদা বর্ম্মীজ, চীনা, ফারসী, উর্দুনচীঙবা লোন কয়াগী ৱাহৈসীঙসু তীনখী / চঙখী। চুন্না ৱাহৈসীঙ চঙলকপদা নত্তনা ৱাহৈসীঙ অসীগা কোন্ননা খোনথোক (ময়েক) কয়াসু চঙলকখী। খুদম ওয়না - **ধ, ঝ, ছ, ঘ, ভ, ষ, ক্ষ** অসীনচীঙবা ময়েকসীঙসী হাঙ্গরীবা মতম (১৮২৬) অসীৱাঈদগী চঙলকখী। মখোয় অসীগী মনুঙদগী লাঙ্গরীক অসীদা লৌখতলীবদী/সীজন্নরীবদী **ঘ, ঝ, ধ** অমসুঙ **ভ** মরী অসীতনী। মসীগী মরমদী খোম্থোক (ময়েক) মরী অসীনা হৌবা/য়াউবা ৱাহৈসীঙসী মীতৈলোনগুম্না সীজন্নরে। খুদম- ঘতনা, ঘতচফু, ঝাল, ঝোল (মহী), ধুলোক, ধর্ম্ম, ভক্ত , ভজন, ভারত অসীনচীঙবা ৱাহৈসীঙ অসী মীতৈসীঙগী লু-তোঙদা পকখ্রবা (চঙখ্রবা) ৱাহৈ ঙাক্তনী, হাঙ্গবদী মীতৈলোনগী ৱাহৈগুম্না খল্লে/লৌরে।

মথক্তা পীরীবা অনৌবা মতম হাঙ্গবসীগী মনুঙদা চঙসল্লকপা ৱাহৈসীঙ অসীগী সাফুনা মীতৈলোনগী ৱাহৈ পরেঙগী থাক্তসু অ্‌ওনবা/ অহোঙবা কয়া লাকলে। খুদম ঃ-

*চাউবগা থোয়বগা চতলী।*

*মসী চাউবৈ য়ুম্নী।*

অসুম্না হাঙ্গবা ৱাহৈপরেঙ অসীগী মর্হুত্তা হৌজীক্তী

*চাউবা অমসুঙ থোয়বা চতলী। অমদী*
*মসী চাউবগী য়ুম্নী। অসুম্না হাঙ্গনরে।*

মতৌ অসুম্না ৱাহৈপরেঙগী থাক্তা অওনবা লাকখী মসী তৌববুদী মনীপুরদা হীন্দুগী লাঙ্গনীঙ মমী তমলকপা মতম অদুৱাঙ্গদগীনী হাঙ্গনা লৌবসু য়াঙ্গ।

হাঙ্গরীবা অনৌবা মতম অসীদা নোঙচুপলোমগী অনৌবা সীকসা পথাপ (Western education) চঙলকুনা মীতৈসীঙগী পুন্সীদা ঈনৌ নৌবা ৱাখন মখন, অনৌবা মহীঙ, অনৌবা চতনরোল অমা লাক্লে। হান্না ওল্লীঙৈ মতমদা নীঙথৌ পানবা লৈবাক অমা ওয়রম্বদগী, হৌজীক (১৯৪৭) কী মতুঙদগী নীঙতম্বা লৈবাক অমসু ওয়রে।

মসীদা লমদমসীগী মীয়ামগী হরাউ-নুঙাঙ্গবা অমদী পেনবা-পেন্দবা কয়ামসু লাকপা উঙ্গ। মসীগা লোয়ননা মীতৈলোন অসীসু অহীঙবা লোন অমা ওয়বা মরম্না মসীগী সাজত (structure) ৱাহন (Meaning) লেপ্পা লৈতরী। মসীগী মথক্তা অরীবা ৱাহৈ কয়া মাঙখ্রে, অদুগা অনৌবা ৱাহৈ কয়ামসু লাক্লী। অসুম্না লোনগী থাক কয়াদা হোঙলক্লী। মসী হীঙলীবা লোন অমগী হৌনসানী। হৌজীক মসীগী চপচাবা অরেপ্পা মসক অমা পীবা য়াদে। মরমদী মতমগী মতুঙঈন্না অওনবা/অহোঙবা কয়া লাকখীগনী।

মীতৈলোনসীদা অতোপ্পা লোন্দগী চঙলকপা মীতৈলোনগুম্না সীজন্নরবা ৱাহৈ খরা মখাদা পীরীঃ-

‘ অ ’

অগ্নী, অতীথী, অর্থ, অম্রীত, অবতার, অধীকার, অঙ্ক, অভীরাম, অভীনয়, অভ্যাস, অহীংসা, অলঙ্কার অসীনচীঙবা।

‘ আ ’

আকাসবানী, আধ্যাত্মীক, আন্দোলন, আলোচক, আলোচনা, আর্তী, আধা, আরাম, আসা, আচার্য, আমাবস্যা, অর্থলেস, আর্থ অসীনচীঙবা।

‘ ঈ ’ (ই)

ঈতী, ঈন্দু, ঈন্দ্রানী, ঈন্দ্রী, ঈজ্জত, ঈরাবত, ঈতীহাস, ঈস্বর, ঈনজীন, ঈলেকট্রীক, ঈনচার্জ, ঈন্দীয়া, ঈন্দীয়ান, ঈঙলীস অসীনচীঙবা।

‘ উ ’ (ঊ)

উপাধী, উপলখ্য, উত্সব, উপমা, উসা, উর্মীলা, উত্তরদাঈত্য, উপাঈ অসীনচীঙবা।

‘ এ ’

একা, একাগারী, একাসীনী, এলাঈচী, এপোলোজী, এসোসীয়েসন, এঈদস, এদমীত-কার্দ, এদলস অসীনচীঙবা।

‘ ঐ ’

ঐতীহাসীক, ঐগ্যা অসীনচীঙবা।

‘ ও ’

ওমর, ওজা, ওকার, ওদীত, ওদর, ওফীস, ওঈল,

ওতোগ্রাফী অসীনচীঙবা।

'ঔ'

ঔষ্রা, ঔরঙ্গজেব অসীনচীঙবা।

'ক'

ক্রীপা, কালীদাস, কালা, কালী, কান্তা, কর্ম, কর্মভুমী, কল, ক্রীম, কলেজ, কীক, কোক, কুক, কলম, কমল অসীনচীঙবা।

'খ'

খবর, খরচ, খন্দ, খ্রীস্ত, খ্রীসন্তান, খাজনা অসীনচীঙবা।

'গ'

গুন, গঙ্গা, গুরু, গৌরীয়, গর্ভ, গোপাল, গোর্বমেন্ট, গার্দ, গ্রীন, গাঈদ অসীনচীঙবা।

'ঘ'

ঘত, ঘতনা, ঘরী, ঘনস্যাম, ঘনপ্রীয়া অসীনচীঙবা।

'চ'

চন্দা, চাকা, চরীত্র, চক্র, চাকরী, চরন, চরনাশ্রীত, চামর, চাগা, চাদীঙ, চান্স, চেলেনজ, চান্সেল্লর, চেস অসীনচীঙবা।

'জ'

জীবন, জগত, জাতী, জহাজ, জন্ম, জয়, জল, জাম, জীলা, জঙ্গী, জঙ্গল, জামীনী, জুরা, জর্জ অসীনচীঙবা।

'ঝ'

ঝাল, ঝোল, ঝুলোন, ঝল্ল-মল্ল অসীনচীঙবা।

'ত'

তীর্থ, তলব, তন্ত্র, তর্পন, তাল, ত্যাগ, তুলসী, তুলা, তারীখ, তবলা, তেবল, তুপী, তীচর, তার্ম, ত্রক্কোল, তেলীফোন, তেলীগ্রাম, তেলীভীজন, তু, তেন, তেরসীঙ, তসর অসীনচীঙবা।

'থ'

থন্দা, থর্ম্মোমীতর, থর্ম্মোফ্লাস্ক, থ্রী অসীনচীঙবা।

'দ'

দল, দয়া, দাম, দর্সন, দলাল, দসা, দন্দী, দেব, দোনা, দখীনা, দরবার, দান, দাউ, দাঈ, দাঈরেক্তর, দ্রাঈভর, দীয়ুতী, দাক্তর, দোনেসন, দীক্সনারী, দীজল, দ্রেস, দরজী, দুরবীন অসীনচীঙবা।

'ধ'

ধর্ম্ম, ধারনা, ধুপ, ধারা, ধোন, ধুলোক, ধনজয় অসীনচীঙবা।

'ন'

নত, নয়ন, নয়া, নবীন, নাতক, নজর (নোজোর), নগর, নীউজ, নেম-প্লেত, নোত, নাঈন অসীনচীঙবা।

'প'

প্রেস, প্রভু , পতী, প্রীথীবী, পুজা, পাপ, পাপী, প্রলয়, পন্দীত, প্রার্থনা, প্রমান, পাত্র, পৈসা, পতাল, পম্প, পাঈপ, পোস্ত, পীস্তোল, পেন্সীল, পেত্রোল, পাউদর, প্লেন, পাস, পাসবুক, পার্সেল পলতন অসীনচীঙবা।

'ফ'

ফলা, ফল, ফুল, ফরমল, ফীরঙ্গী, ফাদর, ফ্রুঈত, ফোরমুলা, ফুত, ফেন, ফোতো, ফোন, ফরনীচর, ফাঈল, ফ্লাঈত, ফার্স্ত, ফোর, ফাঈত অসীনচীঙবা।

'ব'

বলী, বসন্ত , বাবু, বার্তন, ব্রামহন, বীহারী, বীনা, বীন্দু, বীচার, বীদাঈ, বৈস্নব, বন্দ, বুক, বোল, ব্লোক, বেকরী, বজেত, বেতরী, বোর্দ, বেগ, বেঙ্ক, বোক্স, ব্লেকবোর্দ, ব্লেদ, বোক্সীঙ, বস, বেনচ, বল্ব, বেলুন, বেন্দ-পার্তী, ব্রেকেত, বর্মা অসীনচীঙবা।

'ভ'

ভারত, ভাব, ভুমী, ভজল, ভগত, ভক্ত, ভগবান, ভাবক, ভার, ভালো, ভারতীয়, ভান, ভেলী, ভোলুম, ভোকচর অসীনচীঙবা।

'ম'

মালা, মন্ত্র, মায়া, মন্দল, মুর্তী, মান্দব, মন, মেলা, মন্ত্রী, মন্দীব, মার্চ, মোর্নীঙ, মে, মেদীসীন, মোর্দন, মোরেল, মেজর, মার্ক, মুদ, মেনেজর, মীক্স, মেথমেতীক্স, ম্যেনমার অসীনচীঙবা।

'র'

রাধা, রাম, রাহু, রানী, রাজা, রস, রামায়ন, রাসলীলা, রুপ, রমায়ন, রীতু, রুম, রোদ, রেদীও, রীম, রীবন, রেলী, রবর, রীসীপ, রেজীস্তার, রোকেত, রীভোলভর, রেকোর্দ, রীর্জাব, রুত, রীঙ্গো, রীকোভর, রীজাঈন অসীনচীঙবা।

‘ ল ’

লতা, ললীতা, লালমনী, লদু, লখমী, লাখ, লখমন, লেম্প, লেম্পতন, লাঈত, লাঈফ, লীঙ্ক, লক্স, লোঙকোত (long cloth), লাদ (লার্দ) অসীনচীঙবা।

‘ ৱ ’

ৱান, ৱার্দ, ৱেদ, ৱে, ৱাতর, ৱেসকোত, ৱাঈতীঙরুম, ৱাকীঙ, ৱাতর-সপ্লাঈ, ৱেল-কম, ৱীসকী, ৱার্কসোব, ৱায়ার, ৱাতর, ৱাতর-বেগ অসীনচীঙবা।

‘ স ’ (ছ, শ, ষ)

সখী, সাখা, সাধু, সর্ম্মা, সক্তী, সাতীন, সত্রে, সায়া, সান্তী, সতী, সীঙহ, সাঈকল, স্তেত, স্পাঈ, স্কুল, স্কোলার, সাঈন্স, স্ত্রাঈক, সোফা, স্কুতর, সরফ, স্তেজ, সারবীস, সবজেক, স্পোর্তস, স্তাম্প, সীক্স, সেভেন, সাউন্দ, স্বর্গ, সন্ধী, সমাস, সীন্দুর, সীফাঈ, সঙ্গীত, সরকার, সীকসা, সঙ্কর, স্লোক, শ্রীঙ্গার, শ্রী, স্তীল, স্তেসন, সুঈতর (স্বেতর), সেকেন্দ, সুকরখান (supper fine) অসীনচীঙবা।

‘ হ ’

হৱা, হরী, হৱাগারী, হলঙ্কার, হোলী, হনুমান, হলন্ত, হেমন্ত, হুকুম, হীন্দুস্তান, হাজাম, হুঈসেন, হজ, হেন্দীমেন, হেন্দবেগ, হেন্দবুক, হেন্দীকেপ, হোল, হন্দ্রেত, হঙ্গর স্ত্রাঈক, হোলীদে অসীনচীঙবা।

‘ য় ’ (য)

য়ন্ত্র, য়াঙ্গল, য়ান্ত্রীক, য়াদু, য়মুনা, য়ঙ, য়ম, য়তন, য়ুরোপ,

